# মেলা

অইবা —

হিজম ঈশ্বরচন্দ্র

পাটৈ- য়াংদোও

পুখাও লোত।

# অফোংবা—

হিজম মুতুম সিংহ

ফেব্রুয়ারী ২৬—১৯৬৯ ইং




অহানবা খুৎনম

কপি ১০০০

নম্কম—

শ্রী প্রেস, ডি আর্ট প্রিন্টিং ৱার্কস

য়ারবা মতমদা অসুক য়ারে হায়না ফোংদোকপা ঙমদবগুম্না হুংঙাইরবসু অহুম্না হুংঙাইরে হায়হুনা থোইনা ফোংদোকনিংঙাই লৈজদে। পুক্রিং হুংঙাইবা হায়বশিংশু শেন্না পৈশানা হেক লৈবা ফংবা নত্তে। ঐনা হুংঙাইরগা কনানসু য়াওবিয়ু য়াবা নত্তে। কনানসু থংবিদনা ইথন্তা হুংঙাইজবনি। ঐগী অর্থবদি মীওন্দা থোইনা ফোংদোকচনিংলুদে। হুংঙাইবদি মফোংদোকনিংই। থ্বাইসু ঐগী হুংঙাইবদা য়াওর্বিয়ু। ঙসিদি ঐমুক হুংঙাইবা মী অমত্তা পৃথিবীদা লৈরম্মরোই।

ঐহাক য়ুম য়োনবা থুনা য়াংনা লাক্লি। য়োনিংমনখিবনা চেনবা হৌরক্লে। হুংঙাইমনখিবনা ইপাদা লৈরম্বা মীফাওবা থেঙ্গায়, হন্না ফাওবা য়েংলম্মে। ঐ হবাওমনাত্র খুদ অমুক্তং থিররনি।

ঐনা ঐখোয়গী লৈরক মপা য়ৌবদা ইমান্নবশিংনা হরাও তয়াম্না লৈরমই। মখোয়না য়াম্না ভাং শন্নরুনা করি কবিনো য়াম্না হংগৌই। ঐহাক মখোয়গী য়াত্থু তারুরে। ঐনা হায়রম্বা হায়ববু " য়াম্না চাওরবা রিফ্রেসমেন্ট অমা " অসুম্না লাওরমই। ঐনা য়ুম য়ৌরদুনা খোংজিন য়ৌবদা ইমানা ফুঙ্গাগা চা লোন্দুশং লৈরমই। ঐবু উবদা ইমাসু হরাওনা চেন্থ্রক্লকই। ঐনা ইমাবু শুপকোন কোনশিন্দুনা উরু-রু লৈরে। ভাইহাক অদু ঐখোয় ইমাদি য়াগা অমত্তা ভাংবা কংপোৎ নত্তে। ঐনা ঐখোয় ইমাবু কন্না লাকশিন্দুনা য়াংনা খাঙ্গংদুনা কোয়রৈ লৈবদা স্বর ফাওবা থিংই। মতম অংদা ঐগী পিক্লিবী ইচন শুনিশু চেনশিল্লকই। ঐনা মডোন্দগী লদু মুন্দুনা চাক্লরে। মাদি লদু মূল্লবদগী কপখোকখ্রে।

হেহে ঐনা হরাওরিবদু শুনিদি থংলমত্রবোইরে! ঐনা হরাওবদা মথরাইদগী হেন্না মুংশিনা পায়জরিবা শুনিগী লদু অদু ঐনা চাখোকপিরুরে। ঐনা মাবু পমথংলে। ঐগী কাদা লাক্রে। ঐনা থেমলদুনা কপ্পদি তোকখ্রে। ঐগী টেবল মথক্তা অহাও-অথুম কয়া পৈদুনা লৈরমলি। শুনিগা ঐখোয় অনি কন য়াম্না চামিন্নরে।

য়ুমদগী লমজাওবা অমুক থোক্লিংলে। ইমাদা ঐনা পৈশা খজিক্তা পিয়ু হায়রুই। পাজিগী লোদুনা ঐডোন্দা লুপা তরা চংপি অমা পিরে। ঐহাক পাজি নাবদগী লাগরিক ইপা পাহৌত্রবনি অদুবু ঈশ্বরনা খোজানবিদুনা ইউনিভর্সিটীনা মশক থংবা ছাত্র অমা ওয়না মেট্রিক পাস তৌরে। ঐনা মুংভায়রিবশি মেট্রিক পাশ তৌবগী নি। ঐহাক মুংভায়মনবনা মথুম মরাং হৌরবনি। হয়েংদি কোলেজদ মিং চননুরগনি। কোলেজগী ছাত্র অমা ওয়রগদবনি।

ঙুমিৎ মরিনিরোম হৌখ্রে। ঐনা হৌজিক হুংঙাইরিবা অসিগুম্না পুন্সিচুপ্পা হুংঙায়রবদি হুংঙায়মন্দুনা ঐহাক শিবু শিগনি। ডি, এম. কোলেজদা মিং চল্লে। চহি মরিগী মতুংদা বি, এস, সি, অমা ওইরগনি। মখল মখলগী ট্রেনিং চৎলুগনি। ঐহাক মতিকচাবা মী অমা ওইগনি। ঐহাক হৌজিক য়াম্না হুংঙাইরে। হুংঙায়বসিগুম্বনি কৈনোম। তৌবোইরে হুংঙাইমন্দুনা মরেং মরেং চৎলে।

শকখম হনজিনবমগী লেমথোক্লহনা সাইকল তপনা থোরহনা কোলেজদগী থোরকই। য়ুমদা কোক হনলক্কে। থরাইরবন্দ লোমদা হাইগৎলে। আই, ও, সি, মমাং য়োরে। মফম অহুদা লম্বী য়াম্না চত্রই। থুগাংখোং লোয়দা হায়দোক্লকপা গাড়ী ময়ামনে মথাংগা ময়গী থৌজিল্লকপা গাড়ী ময়ামনে কুক কুক ইম্না চল্লি।

ঐদু ক গাড়ীদা মী কুমথরবলবশু ফরমগদবনি থৌ হৌশা শাদনা শম থৌবম্বদগী চৈশিংনা সায়কল থৌরকলিবী মশা নানলবী ছাত্রি অমদা কন্না থেংজিনগে। খুঊ খুরাই ইতং ভংপা মথৈ ঐহাক য়াম্ন শ ফিনা তুব। কয়া থৌজিনলকপা জিপ অমনা ঐবু তকললমগাদোবা থাজিক্পা র‌ৌলি। খুযাথেং লমখাই মক্তুদনি। থেংহোৎনা ছাত্রি অতুগা ঐগবু মৈয়ান্ন কোয়শিনখ্রে। পুলিশনা নাকোং য়ৈশিনবমথৈ ভংশেল থোংলহনা লম্বী ফাংনমবা মীয়াম অহু ভকথোকলি। ছাত্রি অতুগী সাইকল অতু য়াম্না শাথিমা শোকলে। ঐনা মাগী সাইকল অতু শেম্বদা তারে। ছাত্রি অতু থোইনা শোক পন্দ্রবস্থ মশমগাদি ইফা ফারে। মাগী ইনফিশু শেগায়রম্লে। মুপী মচা অহু চহি তরামঙারোমগা শুরম্মনি, আজকালগী থম থেংবাদা কেজ্জৈ। য়াদি থোইনা ঙাংদে অহুবু শাওদি য়াম্না শাওনিংমালে ঐঙোন্দা য়েংলগা মচিনবানগা ইপোম পোমথোকই। ঐনা মাগী তোংবা য়াদ্রবা সাইকল অহু লেংবান্দা য়াংনা থাঙংতুনা গাড়ী শেম্ফম অমদা পুরে মাবুনা ঐগী সাইকল অহু ইলহল্লে। মহাক স্কুল কারফপিনী স্কুল নংনবা রিক্সা অমদা তোংহন্দুনা চংহনখ্রে। "হোরেন ছুটী থা-রক্লগা সাইকল অসি লৌররো ঐনা ফনবা শেম্মগে, শোয়খিবনি শাওনুকো।" অসুম্না হায়রহুনা মাবু শাওদনবা থেমলে। মহাক ইকায়থিবীনি ঐনা হায়নদা পংয়া য়াদবা তৌদে। রিক্সা কাথৎলমদাদা ঐবু য়েংলহুনা হাইফেং নোক্লমই। ঐনা থলহৌই, হৈস মাগী মিনোক অসিদে।

গাড়ী শেম্ফমদা অতেকপা গাড়ীহু থনমলগা থরাইরবন্দ য়ৌরে। সিনেমাগা য়েংলে। মতম অহু ফ্রেন্স টকিজদা 'ধূলকা ফুল' তৌই।

কিদম্ব অদুগী থ্রাবিংদ রাজেন্দ্র কুমারগা মালামন্নহাগনি। কারক থুংডাইবা কিদমনি। সিনেমা অদুগী হীরোকপদা হিরোহুনা হিরোইন অদুদা স'ইকলদা খেদাইবদগী হৌরকই। সাইকল খেদাইনরবদা সিনেমা কুমলগী মালাগী এক্তীং অদু মায়া নিংথিবে। মালাগী এক্তিং অদু উবগা ঐনা লয়ীদা ছাত্রি অমগা সাইকল খেদাইনবহুনা নিংশিংলকই। রাহৌদোক ওইরহুনা মাগী অদুগী শংশিনবা হৌরকই। ঐহু কিদম অদুদা রাজেন্দ্র কুমারনা লৌখিবা পার্ট অদুমক থাদ্রি অদুগী মতমদা ওইরবরা হায়হুনা খল্লকই। পুক্কিংসে মথুন মরাং হৌই। মহাক্না রিম্না তোখংলমদাইদা হায়কেং নোক্লমবহু নিংশিংহুলতা নৈরে। সিনেমা অদুদা পুক্কিং চংখ্রে। মাগী মিনোক অদু ইকাওমক কাওরে।

৫ সিনেমা লোয়রহুনা খুম্মাপোংদা লাক্রে। সাইকল শেংকম মৌরে। ঐহাক কৈনোমা তৌরে। মশক থংবী ছাত্রি অদুবু ডাইহুনা নৈরে। মাগী সাইকল অদু শেম্বীবদগী হেন্দোকহুনা অমহুন নৈবীর-শিনা থল্লে। ঐহাক মুপীদুবু ইথনথক শম্বা ওমন্ত্রে চান্না মাতবু নিংশিংবা হৌরক্লে। ঐগী পুক্কিংনা মাগা মাগী শাবা পাইরলে। ঐদি নৈশাবীগদি মাগী অমুক্লদু শাকত্রি — ঐ ওমগনি থাক্রে। অদু ওইরবদু মহাক মাকুগা মমিংদগ হংহোসে থন্দুনা গাড়ী লেংকমদা কমহুনা নৈরে।

ছাত্রি শানানবীহু লাক্লে। ঐহাক নৈকম থংত্রে। মানা ঐবু উজিদৈদা অমুকং লোয়না য়েংহৌই। মানা ঐবু য়েংলরমদি ঐনা মাবু য়েংদুবা ওমদে। মহাক মায়া কমবী হুপীদি ঐনা মায়া

নিংথিনা উহৌরে। সাইকল শেংবা লোইরবনি মহাক মচুমদা চংখি-গদৌরে। ঐনা মঙোন্দা করিগুম্বা থর হায়নিংবনি অহুবু হায়রহৌত্রে। মখিংকাওবা হংহৌত্রে। লাইবক ক্ষবনি মমাঙবী অমনা "রোমাশিনী করি তৌরিবনো" হায়হুনা কৌরকই। উচিন নাচিন্না মাপী মখিংদি থংহৌরে। মহাক চংখ্রে করিমত্তম্ হায়ঃহৌত্রে।

য়াচংবগী মতুম তবুম তৌরকপদা ঐহাক মুমদা চংলে। ঙইহাক পোথারগা থাওমৈ চুথংলহুনা লাইরিক পাগে হায়হুনা ঐগী কাদা চংলে। কোলেজ ভমথংলকপগী লাইরিক অহনবা ভাক্তা ঐগী টেবল মথক্তা পৈহুনা লৈরি। পাগে হায়হুনা লাইরিক অমা ক্ষাক্তোক্লে। ঐহাক ওসিদি লাইরিক পাবা য়াত্রে' ওসাই লম্বীদা থেংনবা রোমাশিনীদবু উহুনা লৈরে। মহে পরেং অমনি পাথংপা হৌরে অহুবু পুক্রিংদি ইচং চংত্রে। ঐ কপনিং কপনিং তৌরে। থাওমৈ ওাম্না থান্নহুনা লাইরিক ওয়াইফম ক্ষাদা তুমিন্না ক্ষমহুনা লৈরে। ও! লাইরিক্তা পাহুনা লৈজবা ঐবু লাইরিক পাবা য়াহনত্রে। ঐহাক ক্ষন কুইনা ক্ষমহুনা লৈখোগ্রে। ঐগী নোংমগী থংহৌগদবা পরা নাক্তোখিবা ভারে তৌহৌত্রবা য়ত্রবা থবক অমবু অকইবা লকুনা পাংখোকপা য়াত্রবদি অরাধগী মশাক্ত ঐগী ওসি পাহৌগদবা পরাবু মশক মুত্না থংত্রিবা রোবা কৌবী মুপী অমনা পাহল্লে। ভশেংনমক ঐহাক পুনসিগী অনোব থোংথাং অমা থাংবা হৌরমলে। অমুমনা তৌরবদি ঐহাক য়াংলগনি। মীরেমগী মমক্ত ঐগী অমা ওইরমগনি।

---

মথংগী সুবিস্তা ঐহাক কোলেজ কাবা হৌরে। ঐহাক ভরাং য়াচংবদগী লাইরিক পাব্রবা ছাত্র অমা ওইবা হৌরমলে। ঐগী লমহেনবা পুক্লিংনা পূহনা থুরাথোং লমথায়দা হেক্তা চংলূই। য়োমাবু উত্রবদি ঐহাক চাবা-থকপা চংজে। মোংমগী তৌদবা য়াদবা থবক অমত্তম মাবু য়েংবা চংপা তোকত্রে। অদুবু মাবু উকবদনি, ঐগী পুক্লিংগী য়াতি করিগু কোংদোকলুবা লৈতে। মতমনা কনাবু ভাইহি-গনি, কনা কুইশিল্লক্লে। ঐহাক হৌজিক কোলেজ কারি হায়বতা মডাইরে অশেংবা ছাত্র হায়বদুদি ওইজে। ঐগী য়াংল য়াংলব য়াথল মাংথরে। ঐগী পুক্লিংগী য়াথল থর মোমাদা করবা কোং-দোকশিনে থনবনা ঐগী পোথাকম ওইরে। ঐদি মাবু ওসিকাওবা কাংদায় মহাকনদি সাইকল থেংগায়নখিবা থোদোক অদুকাওবা.

কাওরম্মনি। মানসু থংবিদনা ঐনা য়ারিবশিংদি ফরি কায়রি। কায়ত্রবসু মাবু কাওবদি ঐহাক ওমলরোই। মহাক ভশেংনা ফজে। মাগী মমাইগুম্না ফজবা কনাগুম্বী নুপী অমত্তগী মমাই লৈরমলোই। মহাক মযুমদা লৈশন ঐগা লাপনসনু মাদি ঐগী থম্মোইদা লেংদনা লৈরিবানি। অসুম অসুম হৌথিদ্রনা চহি পরিক্ষা ওকয়া য়োরক্রে পরিক্ষাদি থাজিনখ্রে। মুংওাইফমদি থোইনা থংদে। য়োমাশিনিদী পরিক্ষাগী লাইরিক পারয়গনি মহাক থোইনা উথিত্রে। মতম থুদিংদা পোথাকমু থংদনা ঐবু ওংলিবা অসিবু পাথং কারবা হায়ব-হুরা?

## [ ৪ ]

... পরিক্ষা লোইরহুনা থবাইরম্মা তোয়না তোয়না চংলে। মনি-[illegible] হেন্দিক্লেগু মেলা অমা হোৎলে। মেলা অহু হয়া হয়া য়েন-থদি অহুবু মোংথত্তনু তোক্তে নিত্তিগী য়েরই। পরেং পরেং নাইনা মেলা য়েংবা লাক্লিবা মীয়াম অচৎ নিংথিনা লেংলবা লৈ পরেংগুম্না [illegible]। মথোয় মরাক্তা য়োমাশিনীদং য়াওরবদি কনাগা [illegible]। ঐনা য়োমাশিনু অসুক য়াম্না থাগৎলুবিবা কানাগীনো? [illegible] থরাইদগী হেয়া ফজবী নুপী হায়বহুরা। [illegible] ঐভনা ফজে [illegible] মহাক্না থরাইদগী হেয়া ফজবী ওইরবদি য়োয়গী [illegible] থাইবা য়াবু থংনরমগদবনি। মহুমক্তা [illegible] মহাক্না পৃথিবীগী

মমুংদা থরাইরগী ফজবী অমদি ওইরম্মোই। অহুবু করিগীনো মাত্তবু ঐনা ঘজৈ থল্লুবা ? উম! মশিনি মুংশিবা হায়বনি। রোমাদগী হেন্না ফজবী মবুদি রোমাদগী হেল্লি হায়নিঙলুদে। মপুরোইবগী ফজবা মুজাদনা থডই, মুজাগী ফজবা মপুরোইবদনা থডে ---রোমাগী ফজবমু ঐতংশ থডই। ঐহাক ঙসাইরগী মেলা য়েংল্লিবনি। ঐনা মা চিনলবগী লাই ময়াম উংলিবা মকমক্তুদগী খোঙদকপদা রোমাদা কয়া থেংজিল্লুরে। রোমাশিনি অত্তরপা কংনা কেবকই। কেমনখিবনা রোমানি হায়বা থঙলুদে। মহাক্না হায়রকই "মীৎ পান্দবা মীপোনা হঞ্জিন হঞ্জিন থেংবিরিবসিবু খর খর ঙাও-খীরো!" ঐহাক খুদ্ধক থংদে। ঐনা থেংলুবদি অমুক্তনি হঞ্জিন হঞ্জিন থেংবা হায়রীবদি করিগীনো, চুমই সাইকলনা অমুক্তা থেংত্রে। হৌজিক ফাওবা মহাক্না মহু কাওরমত্রিবরা ? মানা "ঙাওবিত্রো" হায়রক্লিবহু ইমান্নবা ওইরবদি মচুবা ত্তেকপমথৈ থাজিল্লমগদবনি রোমা ওইবনা মানা মহু হায়রগা শাওনিংলুবদি হায়রকরগনু হেন্নহুম মুংশি। ঐনা মাগী পাওখুম শিবা ঙমলুদে। মাবু উবদা ঙাংশিল্লবা ঐগী মায়থোংনা মাঙোন্দা তপনা য়েংলুবহু মঙাইরে ঐগী পাওখুম হায়ববু। ঐ ঙাইহাক চঙকৈ। ঐনা মঙোন্দা য়েংলুবদা মান্না মীৎচাকৈ! ঐহাক খংনুক নুকথৈ। ঙাইহাক লৈকরগা ঐনা "শোয়থ্রবনি রারোম্নু" হায়রকই। মহাক চংখ্রে। অমুক্তং নোক্লমই। ঐনা অমুক্তু খলহোই "হস মাগী মীনোক অসিদি" ; রিক্না চোংখংলমদাইদা অমুক্তং নোকসমবা অহুমা থসিকাওবা ঐদি থাওরি। ঙসি অমুকত্তু নোকশিলম্লে ঐহাক, চানম্না ঙাওবা তাবে। মহাক য়াম্না নোকনবীনি। মাগী মীনোক অহু মঙারকুপা উরবদি

ঐহাক প্রান মাংলরমনি। খর লাপ্পপনা মাগী মতুং ইন্দুনা ঐগু অতুম চৎলে। মহাকশু লোয়া লোয়া ঐবু য়েংলকপা তোক্তে। ঐগী থরাই লৌগদৌরিবা মাগী মোমোয়বা মীৎচিগী পাওখোড় ঐ ভাব তাদ্রে। মাগা হেক চৎলিবমথৈ ঐবু কোইচিং চিংহুনা পুরে। ঐহাক ওসিদি পূক্লিংগী খৌনা অমা লাক্লে। ঐনা মতোন্দা মুংশি হায়বশি হেক্তা হাইবগে থক্লে। মতুং ইনবদি তোক্তি হায়রুবদি ওমদ্রে। মহাক মেলা হোৎলদগী খোকখ্রে। ট্রেস টকিজরোমদা সাইকল থৌখ্রে। ঐগু থুনমক অদোমদা চৎলে। সিনেমা হোল মনাক্দা উবা ফংখিদ্রে। রোমাশিনি মাওখ্রে— মাগী নিংশিংলিবা মুত্তিদা ওাইহৌরে। ঐনা রা হায়বা ও-হৌদ্র-ন্দা ঐগী খোওা নি-ি ি। রোমাশিনিগী মুত্তিদা রাম শাহুনা লৈহৌরে। নিওমগ্রদুনা ঐনা সিনেমা গী টিকেট অমা লৈহুনা হোল মচুংদা মাবু কোয়থি থিয়ে। অদুবু থিবা ফংদ্রে। সিনেমা টেলর উংথিবা লোইরহুনা ফিলম তারম্লে। চুংগায় লেত্র-হুনা অহাৎবা সিট অমদা ঐহাক কমথরে। ওহ্লোব ান, ঐগা রোমাশিনিগা থংননা ফাম্মনরম্লে। ঐহাক করিমতা হাই হুমদনা কম্লি। ঐদনা শাবু থওবনি মানদি থওদ্রিমালে। ঐনা তুমিন্না ফম্নিউদা মাগী কি-হাইগৎলকপদা ঐগী মায়দা ফুজিন-কই। মহাক্না "শোরি" হায়হুনা ৈন্দা ওনশিলকই। ঐওোন্দা য়েংল নোংকেৎ তোরকই—মহাক্না ঐবুশু খওখ্রে। ঐখোয় অ- রা.. অমত্তা শাম্নদে। ঐদি সিনেমা য়েংবা চংদ্রে। মাশু মশাহু ওাই ক লৈৎনা লেং ওংলি, তুমিন্না কমে ৈং লাংশিম্লৈ।

হায়গে হায়গে থনবা রা কয়ামুক . ন্দা হায়হৌজে।

সিনেমা লোইরদুনা মইত মইত পোকরে। রোমা হৌগৎখ্রবা ফাওবা ঐদি কমত্তনা লহৌরে। অহাংবা সিট ময়াম অত্তু মথং শোগী মীনা শিনজিনবা হৌরক্লে। উপায় লৈত্রত্তনা ঐহাক হোগৎলে। ঐনা হৌগৎলকপদা রোমাগী ফম্ফমদা হেন-বেগ ফজখ্রবা অমা কাওত্তনা থনম্বত্তু উরে। বেগ অত্তগী মনুংদা রোমাগী ফোটো অমনে, পৈশা খরনে মাগী মমিং থংনা নোট-বুক অমগা ফাওরম্লে। মত্তু য়েংনা য়েংনা ঐহাক হোলদগী থোরক্লে। মাগী ডাইরিদি য়েংলুবা হৌনদে অত্তবু ঐহাক য়েংলুদবা ডমদ্রে। ঐনা চেনা অমা অনি হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা থোরোক অমগা লোইননা ঐগী মিং ইরমই। চৌথিবা জুলাইগী তাং মদা ঐগা মাপা সাইবক। থেংগায়নবা মামং হু ডাইরিদা ইশিংন ... ইমিংনা করম্না থওনমলিবা ঐ হওক ওকই। ঐগা মিং মাম্নবা কনাগুম্বা অমরা হায়ত্তুনা মাগী ডাইরিত্তু হাইদেক্লুনা হয়া হয়া য়েংলে অশেংনমক ঐনি। জুলাইগী তাং ৪দি ঐগী ডাইরিদশু ইত্তুনা লৈরি। মাগী ডাইরি অত্তুদা ওসি মেলাদা থেংজিনলুবা অত্তশু ইশিনখ্রে। মাম্না নোক্লিংবা অমনা "হপ্তিন হপ্তিন ঐভোন্দা থেং-বিব ব্রিটেং অভাওবা!" হায়ত্তুনা ইশিল্লিবত্তান। "জিটেল অভাওবা" হায়বা খারিবত্তুগী মথাদা মানা অশুম্না ইরমই। মথুদি ওসিদমক ইবনি। মেলা হোংদগী থোরক্লুগা ঐনা সিনেমা হোলদা চংখ্রবৈগী মরম্ভা ইরম্বনি।

"ঐদি লৈরাংগী পাক্তা পোক্লেদো
নংবু শকথংলুবা ... গী
ডাইরি ... পোপাকম থওজদ্রে।

ঐগী চরাংনরবা পুক্নিংশে
নহাক্কি করিগু থওলিরোই
হো জিটেল! মুংশিথোইবা
ঐগী মুংশি লিপুন্না
নংমু কাপা উনজগে"

-- তাং — ইং

ঐগাক কৈনোমা তৌরে। ঐগু মাগী মাহৈসিংগী মখাদা পন্না ইসিন্নসিন্না থল্লে। ঐনা অনুক ইশিল্লে।

"ঐগী রোমা মুংশিবী!
করি হায়না হায়শিগে
ঐনা কোলেজ কায়কপদি
লাইরিক তম্বা লাকপা নত্তে
নংবুত্তা য়েংবা লাকপনি।
পুক্নিংগী য়াদি হায়জনদা
য়ানা য়াদা য়ুম্দা হল্লি
নংদি হৌজিক কাওবা থংত্রিবোই!!"

বস! ঐগু থর ইশিল্লে। ঐনা ইবা লোইবদা পেনাহৌত্রে। ফজ্জ ফজবা মাহৈ য়াতা ইরম্মবদি করমগদবঃ। অতুব ঐনা পুক্নিংদা থল্লি "ফজত্রবস্তু ঐনা ইরিবসিদি অসেংবনি। ঐ কোলেজ কাত্রবনি, থম্মাথোংদা রোমা য়েংবা কাবনি। ঐগী থমোইগী রোমা! নোংমদি নংগী প্রেমগী ঈচেন্দা লুপসিনদুনা শারবা ঐগী থমোইশে ইংজগকো।"

ঐহাক হয়াওবিরা শঙুদে, মাগী ডাইরিহূ হন্না হন্না চূপই মহাক য়াওদ্রবশু মাগী ডাইরিহূগা ঐগা ব্রারি কয়া শারে। রোমাশী অরেপ্পা পুকচেল ফাওবা ডাইরিহূদা হন্না হন্না হংলে। ডাইরি-হূনা ইথুমক থুগীরকত্রবদা উপায় লৈত্রদুনা ঐহাক হল্লক্রে। ঐহাক হৌজিক থোনা য়াম্না লৈরে। ঐনা স্তুম লাকপদা থঙহৌদনা বোমগা থেংনরে; ঐনা মঙোন্দা বেক অমা চীথহৌরমালে মসি লৌশিনবীয় হায়রে। মহাক মমায় ইঙাং ঙাংশিল্লি। মহাক মদু লোসিনখ্রে। ডাইরি অদুদি ঐগী ফুরিংথাওদা য়াওহৌরে। ঐহাক্ত মঙোন্দা করিমত্তা হায়হৌদে, মাশু তুমিন্না চংখ্রে।

য়ুম য়ৌরবদা হয়েংদি কোলেজ ঙননা কাগে থল্লে। মাগী ডাইরি অদু য়াম্না মমল লৈনা পিরুগে থল্লে। অহিংগা তুম্বা শংদ্রে—কয় করিনো পংইদা ইদুনা লৈরে।

---

(৫)

ঙসি ঐনা কেবা শিগুমনা ঐগী পুন্সিদা অমুক্তা কেথিদ্রি। থুয়াখোংদা মখৌ য়াম্না চিনবা মী শারদুনা ইথন্তা লৈরে। রোমাশিনিগী ডাইরিহূ পূথোক্লে হন্না হন্না চুপ্লে। রোমা লাকপা ঙাইদুনা লৈরে। রোমাশিনিশু য়াম্না কেনা সাইকল থৌরক্লে। মচাক লাকপা উবদগী ঐহাক য়াবু উশিন্নদ্রে। মাগী ডাইরি অদু ফাক্তুনা শানমরি। মহাকশু ঐবু হননা ফাওবা স্নেংলবদনা স্কুল

লোমদা সাইকল থৌখ্রে। ঐহাক পম্বদ্রে সাইকল তোঃখংলে; ঐনা মাগী ডাইবিহ্ মঙোন্দা উংলহ্না লৌশিল্লু হায়রে। মহাক করিস্ত খুম্লক্কে! মাগী ডাইবি অহু ফাওপা লৌশিল্লু য়াদ্রে। কান্নরবোঁ খঙলহ্না মাগী সাইকল কেবিয়াবদা য়েপসিনখ্রে। মাগী ডাইবি মন্থংদা ঐগী চিঠি অমা হাপচিনখ্রে—। অহিংচুপ্পা ইহুনা য়ম্মা নিংথিনা শেম শাহুনা হাপচিনখ্রবনি। মানা ঐবু নুংশিরবদি মহুগী পাওখুম পিরক্কনি। ঐহাক মাগী পাওখুম ডাইহুনা লৈহৌরে। ঐহাক কোলেজ য়ৌরে। ক্লাস তৌরিঙ্কদা পুক্লিং করিমত্তা চঙদ্রে। করি থোক্লগনা রোমাগী পাওখুম!!

রোমাখোয়গী ছুটী থারকপা ডায়হুনা ঐহক খুয়াথোংবা অমুক ডাইরে। পুক্লিংসে তিত তিত লাওই। খুয়াখোংদা রোমা লাক্লমখোয়গী ছুটি থারক্লে। ঐনা লৈরিবহুদগী হেনদোকখ্রে। এঙোন্দা অমুক্কং য়েংলমই মহাক মমায় ডাংশিল্লি। ঐহাকসু ডাংশিনলমগনি। ঐনা মঙোন্দা নিংথিনা য়েংবা ঙমদ্রবনি। মানা হেনদোকখ্রবা তুংদা মঙোন্দগী চে অমা তাহৌরে। ও! করি চে ওইরিগবা ঐহাক্লা খুনগংলে। চে অহু পাক্লগা ঐহাক ফনা য়াংনা চোংথংলি। হরাওমনবনা পাখংলি। মহাক্কী তাহৌরবা চে অহুবা রোমানা ঐবু কয়াদা নুংশিনা হায়রকপা। ঐবু পাওদে নিপা মাঙদে হায়না চৈরক্লবা ঐহাক কৈনোমাতৌনা নুংডাইরে। মানা হায়রকপগী মতুং ইন্না হোরেঙ নুংদাং পুং ভরা তাবা মতমদা ঐহাক মহাককী থোংরাও মপাদা লেপ্লবনি। মহাক্লা থোরকপা ডাইহ্না শেরুমনি।

মাগী চে অহুদা ইরম্লিবহুনা অশেংবা ওইরবদি রোমানা ঐবু অশেংনা নুংশিরবনি। ঐহাক হরাওবনা শিগে তৌই। নুংডাই-

অথিবমা পৃথিবী পুম্নশি ইৎস্তগী ওইরবোই হিহই। ঐনা মুমফাওবা লাকপা অদু ফংহৌদনা লাক্লে —, লাইবক থিবদি হুরাগাড়ীনা ফাওবা তকথাখিগনি। মুম মৌরবদগু চারাগা রাক্লে। নুমিদাংগী ফিজোল শেংচীনলে। ঐহাক থুনমক রোমাথোক্নদা চংনিংলে। নুমিদাংগী পুং তরা ডাইমদা যুক অমা হেন্না শাংবাই নিংখু। ডাইহাক অদুগী ঐগী রাথল ঠামখরে। ঐনা হল্লকই... "রোমাগা ঐগা নোংমা নক্কগা নোংমদি অংগ্রাগী তাজমহল য়েংলুগনি, কৃষ্ণ কাবেরি, গদাবরি, মহানদী, তাপ্তিনচংবা তুরেন কয়া চেনলিবা ভারতকী পারবা লমদম য়েংলুগনি, গঙ্গা মপান্দা লেপ্লুনা রারির শারুগনি। কলকাতাগী ফাওরবা শায়োকশং য়েংলুগনি। সিন্ধ চীংজাও লাল্লুগনি। সমুদ্রগী তোর্ব্বানদা লেংলুনা ইথক্ক জগোই শাবা য়েংলুগনি। রোমাগী পুন্সিদা সমুদ্র হায়বহু অমুক্তা উরবা মথিরোই। ঐগু সিংমদা উরবা নত্তেন। সমুদ্রদি অমুক্তা উরগে। ঐনা হেক হিংলিবা মথৈ রোমাগী পুন্না পৃথিবীগী মফম খুদিংদা কোয়মিন্নরুগনি। ঐগী রাথলগুম্না রোমাশিনিগু লম কোয়নিঙবগী থৌরাংবহু লৈরমগনু।"

থাংমৈবন্দ পুক্সী অচৌবা মপান্দা চংখিবা অচৌবা লৈরক অদু রোমাশিনিথোয়গী চংকরি। ঐহাক কনাগু লোয়ংদে অগুম অগুম চোংথহনা রোমাথোয়গী থোঙ্গাল থৌরে। মতমদি যন লৈশনখ্রে—ঐহাক চংলগে থনলে চঙশিনবদি ঙমদ্রে। মহাক্নদি লাকউ হায়রমই। ঐহাক ওন্থোক্না পাঙথক্রে। শিপাকচা নক্রা হায়দুনা খৌমা কয়া যুদোক্ননা চংলে। মাগী থোংনাও মপাদা হবানবদৌনা লেপল্লুরে। মহাক তুম্নমদ্রে। থোংনাউ মপাদা

লেমগ্লবদগী থব লাপ্লপ থোরক্রে। ঐনা মংভান্দা ঐ শাক-পগী সহৎ খওইখলবনি। মহূ মাথি থোরক্রে। কুইনা ভাই-মনলহনা ঐ অমুক চংশিনলে। ঐনা ভপনা "যোমা!" হায়হ। কৌক্লই। মাগু থোরক্লগে হায়রকই। মখোয়গী পুত্রী মপান্দা হৌরিবা বোক্লুল মখোণ্ডদা কমহনা লৈরে। থারবা কি অথা ইল্লহনা য়োমাশিনি থোরক্লে। মহাক লৈগাবীনি, অহিংদা মথন্ত থোরকই, মহাক ওক্লবী অমরা — নত্তে ঐবু মুংশিবনা থোরকপনি মহাকপু ঐনা ওক্লবীনি হায়রবদি মুংশিনবা হায়বশি লৈরম্লোইদবনি। মহাক থোরকপা উবদা ঐহাক তনিক তনিকই।

ঐনা হায়রকই—"য়োমা নহাক থোরক্লোইদ্রা হায়হনা মুংশা য়াম্লা থিরক্লরে, মহাক ঐগী ইনাক্তা ফমথরে। নহান মথদি য়োমাশিনিদা রা অমাকাওবা ভাংঙবা ভয়নদে ভসিদি মরি মরি ভাংথবা হৌরে। ঐনা "য়োমা! নংনা ঐবু মুংশিকে!"—মহাক খুম্লক্লে। ঐনা মথা তাই—

"ঐহাক্তি নংশি থাজদে। মহাক্না হায়রকই—

"নংগীদমক্তা লৈশাবী অমনা অক্লিংদা থোরক্লিবশিবু থাজদবা ?"

ঐনা—"কনানা হায়বা ভমগনি মাওইবগী পুকচেলবু। নহাক্তা কজবানি, নহাকপু মিত্তাবা কোঙ্গাই লৈরমগনি। নোংমা নত্রগা নোংমা নংগী পুকচেল হোংথিবদা ঐগী থম্মোই কায়গনি। মুপী ওইবিশিংদি ইবাক কৈরাক খুনবা ফয়বা নিপাদবু পুজা তৌই হায়নৈ। ঐদি মহুত্ত নত্তে।"

য়োমা—"ঐদি অপংবিনি। ভাঙলবা মুংশিবা কোবা পোৎশক্লু মহুদদি মাঙহনম্লুশি। মশিদনি ঐনা হায়জগদবা।"

—"রোমা ! নংহাক রাশকউ অহু নত্রবদি নংবু থাজবা ঙমদে ।"

—"হোইনে ! করি হায়না শকউ.গ ?"

—"ঐবু মুংশিরবদি রাশক অহু নংনা হায়নবা শেম শাররমগদবনি"

—"এঃ ঙকপিরেদা মহুগু হায়ত্রবদি কররা নংবু থাজহনলুগে ? ঐদি নংবুহুম থাজদে--"

---"মহুবুদি থোক্লরগা শঙন্নকনি । ঐদি নংগী দমক্তা হৌজিকমক শিবা ফাওব' ঙমগনি ।"

—"জিটেল ! ঐবু মীনা উত্রবদি ফজত্রে ঐহাক চংএগে । রারেম ঙাংহুনা কায়দে নংগী রোমানা নংবু তশেংনা মুংশি । ঐবু মুংশিবীরবদি করিগুম্বদা ঐবু কাওবীগনু ।"

="রাশকউনে ! কাউরোইনে"

---"করি হায়না শকউগে"

ঐহাক হায়কম খঙত্রে । ঐনা হায়রিবমখৈ মানা তুবং তুবং ককথংলি । মহাক রা ঙাংবা পনদে য়ায়া হৈশিংজি--ঐনা মাবু য়ায়া চিংনৈ । তশেংনা মাবু রাশকহনবসু পামদে । ঐনা পামলিবদি মানা রাশকপহু নত্তে তশেংনা মানা ঐবু মুংশিনা হায়বশিনি । ঐনা থাজদহুনা পংহাইদা হায়জনলুরগা মহাক মথ্রাই মুংঙাইতবগুম তৌই । রোমাশিনিনা ঐবু তশেনা মুংশিরবরা ? ঐনদি মাবু তশেংনা মুংশি মানগু ঐবু মুংশিরমশনু ।

ঐনা হায়রে—"রোমা ! চংল্রো ঐদি নখোয়গী বোকুল মখোঙদা অসুম লৈহৌথিগে ।"

—"করি তৌহৌখিদোরিবা ?"

—"ঐদি নংবু হুংশিবনা কনাবুগু কিদে। 'নংদি খো-
রকপদা মঙাইরি অহুবু চংগ্রগে হায়রিবা নত্রা
ঐবু হুংশিদতুনা তৌবনি।"
—"অঙাং মানদ্রে-"
—"অঙাংবু ওইরবস্থ অহনবু ওইরবগু ঐনা পাম্বা
ঐনা তৌবা তাই"
—"নহাকগু চংলো। যুমদা করি হায়রমগনি।"
—"নহাক চঙখোনে। নংনা চঙখিদ্রিবমখৈ ঐহাক
চংখিরোই"

ঐহাক মাগী মনাক্তদা লৈনিঙই।' মহাক্না চঙদ্রিবমখৈ ঐহাক চঙনিঙ'দ। মহাকগু ঐনা চংত্রিবমখৈ চঙখিরোই হায়রে। ঐখোয় অনি হাননা চংপা ইম্লতুনা লৈরে।' ঐখোয় অনিমক ঙাইহাক্তী বা অমত্তু ঙাংনদ্রে। তুমিন্না ঙাইহাক লৈমন্নরগা রোমাশিনিনা ঐগী খুং পায়তুনা চাংখৎলৈ চংলো হায়রে। এমগু মাগী মখুত্তু কন্না পায়শিনলে, কুইনা থাদোক্তে। মাগু তুমিন্না উংতুনা লৈরে ঐগী ইখৌ লাংবহ কুইনা খিংতুনা লৈবা ওমদ্রে। মাগী মখুৎপু হুংশিনা চুপলে। মহু লাওবা মা ছাই হুমদ্রে। লুকথরবা মাগী মায়খোং ঐগী খবাক্তা লৈরে। ঐনা মাগী মায়খোংবু ভপনা থাংগৎলে। মকা ফনলবা মাগী খবাক্তা ঐগী খবাক্তা খেংনরে। মাগী শৈগাদা ঐগী খুং জোনশিনদ্রে। রোমাশিনি ভশেংনা পংথরে।' ঐখোয় অনি তুথমিন্নরে। অমম্বা অহিং অহুদা ঐখোয় অনি মখোয়গী খোকুল মখোঙ অহুদা

চীরা লুহোংলে। ভাইহাক ইচীক চীকনা লৈরম্বদগী হৌগৎলরকপদা লোইশিনবা লৈত।। ঐখোয় অনিমক পংনোক্ত নোকই।

রোমা নোকপা তোকত্রে--ঐশু নোক্তে। মখনা খওদবনি রোমা কপলমলে। ও--! ঐশু কপলে। রোমা মপি য়াম্না চেম্বরমাপ্সে ঐনা খুং মাশিনলুবদা মাগী মপিনা ঐগী খুদোল পুম্নমক পুংলুপ লুপগ। ঐনা মাবু হেন্না হেন্না চুংশিনকলে। ঐনা "রোমা! নংবু করিগুম্বদসু থাদোকলোই" হায়রুনা কপ্পা লাকশিন্দুনা হন্না হন্না চুপলে। নহানমখৈ ঐগী খবাক্তা মৈতান্না কিদা তারগা হুত্তুনা চাকপগুম রোমাবু চুংশিবগী মৈচাক্না চাক-লপ্পনি। ভসিদি মৈচাক অথু নেমখক্তে। ঐগী য়াথলদা লদী মকম খওদনা মমলবা সংসারবু রোমা অমসুং ঐগী চুংভাইবগী পিনা চামথোক্তুনা তরু তরুরে। উপাল-য়াপাল, নাপী-শীঙবী, চৌং-তুরেল, পাৎনচোংবা ঐগী য়াথলদা কাওরকপা খুদিংমক ঐখোয়বু হন্নাওনা লংনরিবোই খনলে।

ঐনা রোমাবু চুংশিনা হন্না হন্না চুপলবা তুংদা মমুমদা থিনজিনবীরমলে। রোমাদগী হেন্না চুংশিবা ঐগী কনামত্তা লৈত্রে ঐহাক য়াথল অমদা তাওরুনা হনলকলে। য়ুম য়োখিবা খওহোদে হন্নাওমনখিবনা থোঙ্গাল কাওবা হেন্দোক্তুনা চৎলুই। কনাগুমনা ঐবু উরবদি অভাওবনি হায়নগনি।। অশেংবগু ঐহাক হৌজিক হন্নাওবনা ভাওরিবনি। ঐনা খন্নাকই "চুংশিরগী সংসার ছায়রদো!!"

## ৬

রোমাশিনিদী ঐখোয়গী য়ুমদা লৈত্রবগু ঐগী মুপিমক্লী চ য়বা য়ারে। মহাকপু য়ুমদা পুশিনবা য়ারব'ন অদুবু ঐখোয় অ'ংগী মরক্তা অকায়বা করিগু থোক্লে। মহাক লাইরিক থর তমখিশনু।

আই, এ, গী অহানবা চহিগী প্রমোসন পরিক্ষা হায়দোকলে। ঐহাক উচৌমদি পাস তৌই অদুবু লাইরিক্তী য়েৌনা ফত্রে। ঐহাক লাইরিক্তা সঙ্গ তৌখিদবা কুইরে। ঐহাক কৈনোমা তৌরবনি। রোমাগু লাইরিক পংফ ফরম্মরোই। মাগা ঐগা উন্নবা মতম শিনবদা ঐখোয় অনিগী লাইরিক পান্নবা মতম লৈত্রে। অদুবু রোমাশিনি ঐগী ওইরি ঐ করিগু চৌংনদে। নোংমগী মহাক উন-হৌদবা য়াদে।

মতমগী ঈচেল অণ্ডকপনি। ঐখোয় পাজিনা কুম লৈনা ওইনা নারকপা ঐনা মেত্রিক থারমদাইদগীনি। হৌজিক্তী অকনবী ওইনা নারে। থরদং লৈজবা লন থুমদা গুনিগা ঐখোয় অনি নিংথৌ মচা মগুগুম হাইনা হুমনা লৈজরম্বনি। পাজি লাইয়েংবদা থরদং লৈবচু লোই'শনলকলে। পাজি লাইকন্নবদ খুবৈ অমা চংথোকপা ফংত্রে। রোমাশিনিগা ঐগা ফন কুইনা উনবা ফংত্রে। করিগীনো থগুদে রোমানা অমুক্তা উনশি হায়দুনা অকন অকনবা পাও চেনলকই। ঐহাক চংলুবা মরৈত্রে। ঐখোয় পাজিদা হিংলগা লোইরে হায়দুনা অরৈবমখৈ তেংনা কায়থোক্লুনা সাইয়েংলবনি। জন্নুয়ারি থাগী তাং ২২ নোংয়াই চনলকপদা পাজি

লৈখিদ্রে । মুমিং অতুদগী হৌনা ঐগী পুন্সিগী অনৌবা লমায় অমা হাইদোকপা হৌরকলে । মুংশিববা ইপাম্ম লৈখিদ্রে । লায়েংবদা লোইশিনখিবনে শোরাং শোনবদা চংখিবা পৈশানে ইরোন ইরান তাকপা মী অমা ওইহৌরে । মীগী পৈশা তোন-শিনলে । ঐহাক লাইরবা মী অমা হায়বত্থ ওইরে । করিবু হায়শিগে নোংমগী চরা কাওবা শোয়বা য়াওশিনলকলে । লাই-রবগী মৈচাক্তী অরাবগী মশক্তী ঐহাক college অমুক তমথবগী আশা উত্রে । ঐনা য়ুম্বুরেন ওইনা য়ুম পুরে । ঐগী'দ খরবু কৰি ঐগী ইচন শুনিগী খনবদা চরম কংলে । ইমাগু মথ্বাই মুংঙাইতবগী য়ায়া শোনজিনলকলে । অমত্তা ঙাইজবী ঐগী ইচন শুনিনি । মহাক অঙাং ওইরিবিনি । মনিও থুংত্রগা কপকনবীনি, নিংঙাই চাওবীনি, সংসার অসি মঙোন্দদি চৌনা থোকলিবীনি ।

মীওইবগী পুন্সিদি চহি য়ামা য়ামপা য়াবা শুম হেনজিনলকই ঐহাক college তমথত্রে । লাইর-অনং কোকনবা শেল তানবগী লখীদা কুমথরে । তশেংনা হৌজিক ঐহাক অমুক্তা থেংনত্রিবা পুন্সিগী কনলবা লানকম অমদা চংশিনবা হৌরে । ইমাম্নবা পুন্নমক লাইরিক লাইশু তমদুনা হরাওনা লোক-থের ঐদি মন্থু কংত্রে । নোংদম্না বীথিনা ঐবু য়ানবা শিনজ্ৰমালে ঐবু তোয়না তোয়না কপহনলে । ইমাগী মরি মতা থোকপা অমনা হোৎনবিদুনা এমঃ ইঃ অমগী ওঝা ওইবা চৎপা তাম্রে

নমবোলদা মতম খবগীদমক লৈরুবা তারে । ঐগী পিক্লিবী ইচন শুনিবু ছন্দোকলম্বা তারে ।

থবক্না ঙমখিদবনা উনবা ফংখিদ্রবা রোমাবু অমুক্তংদি উন্ন-নিঙই । মুম্বিং তারমদাই ওইরম্ভনা খুয়াথোং লমখায়দা ঙাইবদশু থেংনদ্রে । ঐনা রোমাগা ঐগগী পাও পুথোক পুশিন তৌরিবা অঙাং অহুদা হংলে । অরাবনি রোমা থাংমৈবন্দা লৈরমদ্রে । নমবোলদা চৎখে হায়রে । মানা চৎলমদাইদা অমুক্ত উনবা পামই হায়রম্বনি । ঐহাক মাগা উনহৌদ্রে । অঙাং অহুনশু ঐবু শাওরে । "তান চারবদি ইচে রোমাদি লুহোংলম্বহুম য়ারে" হায়দুনা তমলে । মতম খরগীদক লাইরিক তমহুনা থাংমৈবন্দ লৈরম্বনি রোমাগী অশেংবা ময়ুমদি নমবোলগনি হায়রে অঙাং অহুগী রাহু তারগা ঐহাক লৈফম খঙদ্রে য়ামনা থুনা নমবোলদা চৎপা তারে । ঐনা খনলকই "রোমাশ্রিনিনা ঐবু য়াম্ন শাওরম্মনি" ঐহাক হৌজিক রোমানা মুংশিরম্বা লাইরিক য়াম্না ফরম্বা জিটেল অহু ওইদ্রে । লাইরবগী মৈথুনা কাহৎলবা মকশিনলবা ঐগী মায়সে রোমাদা করম্না উৎলুগনি । ঐহাক মাবু উনবা ঙমলুখিদ্রা ঐবু উরগা মানা য়াম্না শাওরনি । ঐ মাবু উনবা ঙম্নরোই । মহাক্তী ফজবা ইনাক কৈরাক খুনবশিংতবু পুজা তৌবীনি । ঐবু উরগা মহাক্না হরাওনা নোংক্তনি খাজদ্রে থরাই মুংঙাইত মুংঙাইত য়ুমদা হনলকলে ।

নোং-ঙানলবদা ইমা অমসুং শুনিবু বীদায় পীরম্নগা নমবোলদা

চৎলে । ইমান্নবাশিংদি college তমনহৌরি । এহাক্তা শেল তানবা চৎলবনি । ও ! অসিরা লাইরবগী মৈচাক হায়বদো ? ঐনা থুংলুবা মুমিং অহুমদি রোমাগা উনবা ফংত্রে । মহাক লুহোংবদি হোংলমত্রি ঐনা হংজ খোৎচহুনা মাগী লৈকমদি থগুলে অহুবু মাগা করম্না উনবা ফংগনি ? থগুনবা মরূপ মপাং কনাগুম্বু নৈত্রি নৌনা লৈরুনা মী ওইবনা চৎখোক খোংতোকপগু তৌনিগুদ্রি মুমিং তরা নিমুক হৌত্রে । হৌজিক কাওবা রোমাগা উনদ্রি ।

ঐহাক খাওবা ওমলক্লে । নোংমদি থবক অচৌনবা শারহুনা মুংথিল তাল্লক অমদা রোমাখোয়গী অহুরাইদা চৎখোকলুই । মহাকপু উবদি ফংত্রে । অস্তুম চৎথিহুনা ইংথোল লমহাং অমদা তাক্লরে । ইংথোল অহু মী লৈনত্রবগু মতম অমদা মী লৈরম্বগী খুদম লৈরি । য়ুম অমস্তুং শংগোই শারম্বগী য়ুমকমশিং অহু তিংথৌ পুংকাইনা কুপশিন্দুনা লৈরি । চীংথৈ পাংবদা য়াইমরপ চাওবা পুখ্রি অমা ঈশিং য়াম্না ফরি । পুখ্রিগী মপান অকোয়বদা মতম অমদা থারম্বা লৈ কয়ামুক শাংলি । ইংথোলদু ফন চাওই । হৈ পাম্বী কয়ামুকসু হৌরি । মনা মশিং এনশাং নাপীদি কুইনদগী থাবীত্রমালে শমপোং খোইদোকপগী লৈতুম উত্রে । মীনা দোখোন তৌত্রিবা লমপাকুমনা নাপি হৌরে । লৈপন্নশিং অহুগু ইকিন কিহ্নরে । খোংবানগু মমিদা ঙাইরে লুনা লৈত্রে । নিংথীনা পাল্লম্বা হৈপাল কংথিবা য়াওরে । মপু পাল্লরনা ওইরমালে পানলবগু থওইবীত্রমালে ইংথোল অহুদা

হৌরিবা হৈপাল অয়াম্বা শন্না তকপগী খুন্নাং চারে। মতোন্দ মনা থোইনা পুংত্রে। মশা মরেং মকা ফন্না তিংথোক্রে। হৈপালশিং অদু মাগী মাগী মতম য়ৌরকপদা নিঙথৌনা পানলমগনি হায়বা থাজত্রে। মী নৈরিঙৈদা থেঙ্গাল ওইরম্বগী ওইরমাদে কৌবুলিয়া পরেং অনিশু মমাং পাংনা লৈখ্রি। অদুবু য়াম্না চেকশিন্নদি হৌত্রে। মরক মরক্তা য়ানথংখবগী উচুং য়াওরে-তরন তরন উরে। অদু ওইরবসু তাইবং শেম্বা মপুগী শিম্বা পাংথোকলিমাদে হৈপাল লৈপাল অয়াম্ব মপান শাংপা হৌরকলে হৈয়ু মপান্ন পুংঙৌ ঙৌরে। কুরাও মপাম্না ইঙাং ঙাংনা মচী মচীদা লৈতেংবা হৌরকলে। ঙাংলি ঙাংলিরবা য়াপলদা অশংবা মনা য়োমশিনবা হৌরকলে বসন্ত ঋতু ওইরক্লমালে।

ঐহাক থৈবোং পাম্বী অমগী মথোংদা ঙাইহাক ফমলে। পূক্লিংদা মওল মওল খনলকলে য়াম্না হুংশিরকলে। ইথম্ভ লৈবনিনা খোনজেলমক থোক্রবশু ঐহাক পিদি তারে। মীৎ শারি শারি লাওরে। ইংখোল অদুদা হৌরিবা হৈপাল লৈপালশিংদুগা ঐগী পুন্সিগা য়াম্না মান্নম্রে। হৈপালশিং অদু মতম অমদা মহে মরোং নিঙথিনা পাল্লমলিবনি। চেকশিন্না ঙাক শেনবীরমলিবনি। হৌজিক্তী বসন্ত ওইরকপগী মপান খরদং শাংলিবা মনা খরদং শংলিবা অদু মঙাইরে। হৈজিং কাত্রিঙৈদা কাংদেন; লৈতুম তমত্তুনা মপান কনথংপিবা নত্তনা কনানশু খওইবিক্রবা হৈপাল ঙাকনি। ঐগী পুন্সিশু অহাও অথুমতা চান্নমা শেংনিঙবদা শেংতুনা মীকোক থোংবা মহৈগী ছাত্র ওইরমবনি।

অমা ওইরম্বনি । কোক্কা চৌকপদা ইমানা থুযাদা পাজিনা লুথুমদা ফমশেন্নহুনা অহিং মীংশেল থাংলম্বনি । মখোযদা নাওথি শাহুনা অরাবা লৈজরমদবনি । ওসিদি মতম অদু ঐগী পুন্সিদা লাকলরোই ঐগীদমক্তদি হৌরবনি । নুংশিরবা ইপা লৈখিরে । থজিক্কুং থেংনা হনজিনবদা মীপাইজবনা মৈরা চমহুনা ঐবু থিজরম্বী নুংশিরবী ইমাগু হুন্দোকপিরমলে । ঐগী রাবক্রবা মতমদা লংনরগা অরা পোখোকচরম্বী ঐগী পিকলিবী নিংভাই চাওবী ইচন শুনিশু হুন্দোকপিরমলে । নোংদম্বা বীধিনা ঐগা মখোয়গা উনহনদ্রে ও ! ঐগী ইচন নিংভাই চাওবীদো কনানা থেম্বীরমগনি ? ঐ লৈত্রবা ইমুংদা ঐগী ইমা অশোনবীদো কনান লোকহনবীরমগনি ?

ঐনা পুক্কিও নুংশিহুন কপলুবদগী থংলকই—"পুন্সি হায়রবশি ঐঙোন্দগী হেন্না থুদোং থিবা লৈরিবনি । থরদং রাববু ঐনা রারে হায়রুবা লাননি । মপুনা থওইবীত্রবা ইংখোলগী হৈপালশিংশে বসন্ত ওইরক্লহুনা ভুংঙাইবা ক্ষোংদোকলি ঐগী পুন্সিসু বসন্ত ওইরি । রোমাগী প্রেমগী ইচেলদা ঐহাক তাওথরিবনি । করিগী ঐগী পুক্কিংবু রাহনলুগনি" অসুম থন্দুনা থ স্মাই ফাজিনগে ।

নুমিৎ ফন থেংজিনলকলে ঐহাক ঐগী লৈফম তান্না চংলগে হায়রহুনা হৌগংলে । পুখি লোমদা লাক্লহুমা মাই মিং তাথোকই । ঐনা লুকথহুনা মাই তাথোকলিঙৈদা য়োম শিনি লাক্লম্মালে হন্না য়েংথংলকপদা মাবু উরে । মতম কুইনা হায়নিঙবা কয়া হায়দোকপা ফংদনা লৈক্রবনি মাবু উবদা হরাওমনবনা কৌবা ফাওবা ওন্নুদে ঐনা মাবু কোক হেক কৌহৌদ্রবগু ঐবু উরগা মাদি হেক্কো

নোক্রম্বনি। অহুব মহাক ঙসিদি ঐবু উবগা নোকলক্লে। ঐনশু মাবু পাক হেক কৌবা ঙমদ্রে। মতম খরদং কায়নরুবদা ঐগী থম্মোইগা মাগী থম্মোইগ শক খঙনদ্রবরা ? মাগী থম্মোনইদি খঙদে ঐগী থম্মোইনদি রোমাবু শকখঙলি। মহাক্কি ঐগী থরাইগী তুংনফমনি। ইথঙ খঙহৌনন উকবা বোমাবু হরাওবা অমসুং নুংশিবনা তিনখিত্নুনা কৌবা ঙমখিদবনি। ইঙক ঙক্লনা লৈরুরগা ঐগী চীন্দগী য়াম্না তপলবা “রোমাশিনি!” হায়বা খোঞ্জেল অমা থোকখিরকই মহাক্কী খুমলক্লে। ঐহাকশু তুমিন্না লৈরে মহাক্কী হরাও নুংঙাইবগী পাওথুম অমতা ফংদবনা ঐগী থম্মোই খাঙবা ঙমদ্রে। ঐনা অসুকসু হায়রে “রোমা! ঐহাক জিটেল্লনি। নহাক্না খঙদ্রবরা ?” রোমানা হায়রকই “মতম অমদা ওইরমই। ঙসিদি জিটেল হায়বহ মশক খঙদ্রে।” থুনমক ঈশিং শোক্লহুনা রোমা চৎখে। মহাক মহৌশাগুম্না কেরক্কে। ঐঙোন্দা য়েংলগা মোমোন্নবগী মহুত্তা মপি ইহৌরমই।

ঐগী থম্মোই কায়রে। রোমানা ঐবু শক ফাওবা খঙবীরমদ্রে। “রোমা! করিগী নুংশিরবু অহুক মমন লৈতনা লায়না লৌবগে।” কনানা হায়বা ঙমগনি মীওইবগী পুকচেলবু মীপুম খুদিংদা নুংশিবা তম্বীবা, মমল য়াম্নবা ইস্প্রিবু পাম্মুবা লৈতনা পিথোকপি রোমাশিনিরা ? মানি মহাক ওক্লবী ব্যশা হায়বহুনি। ঐহাক শাওনিঙবনা থক থক নিকলে। ও ! মানা ঐবু লাকচনা তৌখ্রেদা। ঐনা রোমাগী ফত্রবা লমচৎপু খনলুরগা জগৎকী মুপী খুদিংমক থাজদ্রে। হৈপাল লৈপাল,

চীং-মান, হেক উ'ববা খুদিংমক উরু-রু লৈরে। ঐহাক কোক ভাওরে। ঐহাক করম্বা কুণ্ডদা চোংথরগা পাপ, কোকনি। মিনুংশি য়াওদ্রবা মীগী ঈ থকপদা নোয়রবা রোমাগী থবাকপু ঐগী শান্নপোৎ ওইকরবনি। মুংশি মৈচাক্না শারবা ঐগী থম্মোইদা রোমাবু চেৎনা কোনলহুনা মৈচাক মুৎলে খনলুরবনি। মঙোন্দগী ঐনা হেন্না পাপ লৈববনি। ওক্তবী রোমাগী মাংলবা হকচাং শোকলুরবনি ঐনা হেন্না মাংলবনি, ঐনা হেন্না ওক্ত্রবনি। ময়ুমদা লৈবী লৈশাবী অমবু মশা শোকলুববনি ঐহাক কনাগুম্বী পুকচেল শেংবী অমত্তগী নিপা ওইবা মতিক চাদ্রবনি। ওক্তবী মুপীগী মশা কোনলুরবা ঐহা ক য়ুমদা অমুক চৎনিঙদ্রে খুদক্তা শিখিবনা ফরে।

৭

ওঝা ওইরিবনি হায়হুনা স্কুলদি কারি অহুবু পুক্লীঙদি ইতাও তাওরে। ছুটি হেক থারগা ঐহাক ইংখোল লমহাং অহুদা ফমহুনা হুমিদাংরাইরমগী মতম হেক হেক লেননি। অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু রোমাবু অমুক্তংদি উম্ননিঙলি। ঐগী থম্মোইদা ওমহুনা লৈরিবা রাখল খুদিংমক মাঙোন্দা কোংদোক্লীংলি। হায়নিঙবমথৈ তেংনা অমুক্তং হায়দোক্লবদি ঐগী শাওনিঙবা খরদি কোকনি।

হন্দক্কী ঐহাক য়াম্না ৱারে । হন্দক ৱারিবা অসিগুম্না ঐগী পুন্সিদা অমুক্তা ৱাখিদ্রি । ঐগী অৱাবা শকফম অদু ইমা অশোনবীতুনা উরবদি মিপাইরগনি । ঐগী ইচন শুনিনা উরম্বা থোক্লবসু " করি তৌরবগে তাচো " হায়দুনা তোয়না তোয়না হংজিলকপনা ঐহাক খুমকম খঙলরোইদবনি । মতুম হংবিনবা ঐগী ইনাক্তা কনাশু লৈত্রে । রোমানশু ঐবু কাও-থোকপিখ্রে । ঐগী পৃথিবীদা ইরুপ ইপিক্তা কনা অমত্তা লৈখিদ্রে মী কনাগী খোনজেল ঐনা তাদ্রে । অচীকপা ইংখোল অদুদা ইথম্ত ঙাইরে । ঐগা লোয়নরিবা হান্নববু ময়াং কংলবা হৈপাল-শিংদা মপান খরদং য়াংচরিবতু মথৌ লৈতবা মালংবনা কন্না কন্না হুমদোকপিরিবা, করিগুম্বদা ৱাপলদা ৱা মশেল তক্লবগী কে কে লাওবা মখোল তারিবা, মপুং ফানা শাত্রিবা কৌবুলিয়া মপান চুপ্পুনা খোইনিঙ খর লাংলিবা অসি মঙাইরে । কনা অমত্তসু ঐগী ইনাক্তা লাকপিদ্রে । ওস্থোকই ! থুঙংগী অঙাং অমফাওবা ইংখোল অদুদা লাক্নুনা তেলঙ্গা শাইবী শান্নরদে ।

মওল মওল খন্দুনা লৈরব্দগী উপনা হিপচিন্দুনা থুদাংদা লাইবক থমদুনা লুকথরকপদা পিনা ঐগী থুদাং পুংলুপ লুপই । ঐহাক ঙক অমুক হাইগৎলক্লে, অদুমমক হিপথখ্রে । কন কুইনা ঐহাক অদুমনা লৈরুরমান্নে হুমিং তাখিদৌরমলে । অদু ফাওবদা ঐগী লৈফমদা হনগে খনদ্রি অদুম লৈথোকলে । মতম অদুদা ঐবু " জিটেল ! জিটেল ! ওঝা ভিটেল ! " হায়দুনা

হৌনা হৌনা কৌরকই । ঐনা য়েংথোকখিবদা ওঝা শ্যাম লাকপা উরে । ওঝা শ্যামশু ঐগী ইনাক্ত চংলকলে । নহা ওইবগী পুন্সিদ্রি নহা ওইবতনা খণ্ডমালে, শ্যামনা ঐবু "কনাগী রাখলনা চাত্তা পুরমলিবনো" হংলকই ।

ঐনা মোমোমনা খুমই---"ঐনবু কনাগী রাখল লৈশ্নলগে ? ঐগী পুন্সি নহাক্না খণ্ডলিবা নত্রা ? ওঝা শ্যামশু ঐগী ইনাক্তা ফমথরে । শ্যাম্না হায়রকই—"ঐশু পাখংনি পুক্নিংগী ঋদ্দ শেংনা হায়দোক্লশি । নহাক মসিগুম্বগী রাবি শারগা হৈনিংদনা উরবশু শোয়দনমক্কী নংগী থম্মোইদা কনাগুম্বী অমগী চুংশি ইথৌ লাংলমগনি হায়রশিদি ঐশু খণ্ডই । ঐহাক্কী মাগী রাতুপা থুংলুবা লৈতে মাদি পংণ্ডাংদা ণ্ডাংই । মানা মথা তারকই । "অরাবা হায়বশিদি মীণ্ডোন্দা হায়দোকলগশু কোকপা য়াওবনি । ঐহাক নংগী মুংশিরবা মরূপ শ্যামনি । নংনা ঙমদবা থবক ঐনা ঙমলম্বশু য়াই হায়য়ু ! নংনা কনাগীদমক্তা ব'রিবনো ? নংগী অয়াবক'কোক্লবা ঐনা অণ্ডম্বমখৈ নণ্ডেং পাংগে ।"

অশেংবনি, "ঐহাক্না বোমাগা ঐ'খায় অনিগী মরম শ্যামদা হায়দোকখিত্রি । "ঐগী ওংচাক্লরবা রাখল পুম্বা মণ্ডোন্দ ফোং-দোক্লশিন্না ? মতু ওইরবদি ঐগী অরাবশি থরদ'দি কোকত্র । ফরে ঐহাক মণ্ডোন্দ হেক্তা হায়দোক্ল.গ । ঐনা হায়দোক্ল.গ থনলবনি অতুবু ইকাইবনা শ্যামদা হেক হায়দোকপা ঙমদ্রে । মবুক শেংলবা ঐগী মরূপ শ্যামগী মফমদা ঐনা হায়রোকপা ঙমত্রবদি ঐহাক য়াম্না কত্রানি । অশুম থণ্ডনিণ্ডনা হংলকলি ॥

শ্যামগী য়াহংগী পাওখুম পিকম থোকই। ঐঙ্গী মায়া ইকাইমা য়াম্বি হৌদোকলে। শ্যামনা পুক্নিং চংনা তারি। রোমাগা ঐগা সাইকলনা থেংখাইনবদগী হৌনা ঐনা নমকোলদা ওঙ্গং ওইবা চংপা; হৌজিকনা মাগী উনবা, ফংদবা, রোমানা ঐঙ্গু থওইবীখিবা অমত্তা চীংথদনা থোকখিবা পুথা লৌইনা লিরে। ঐগী মুংঙাইতবদু মাঙু য়াওরে। মহাক্না হায়রম্ চুমলে, রোমাগা ঐগা উনবা শিনবা মঙোন্দদী লায় থোকলমলে। অদুবু অরাবদি "রোম শিনিদি লুহোংগদবা মুখিং ৭ নিদা ঙাইরে" হায়রুনা শ্যামনা তংলে। "অদু ওইরবশু ঐনা কনবা শিন্দুনা রোমাগা অমুক্তং দি উননবা ফংনবা তৌগে।" হায়রুনা মাগী থবক অমা চংমিন্নরুনা এখোয় অনি লাকমিন্নরে।

ঐগী য়ারবা মতমসিদা রাজনকম কনাশু নৈরবনি খনলুই অদুবু শ্যামনা ঐগী অরাব উবিদুনা তেংবাংবীনবা পামরোব তিংলকলি। চীরবা মতমদা ফংজবা শ্যামগী তৌরিমল ঐনা করম্না শিংগদগে। মুখিং অদুদগী হৌনা ঐনা শ্যামবু পুক্নিগী মরুপনি হায়রুনা থম্মোইদা য়াম্না মুংশিজে। ঐগী থম্মোইগা মরি য়াম্না নকনা নৈরিবশিংগী মধ্যদা শ্যামনা মকোক থোংলবা মরুপনি। ঐগী ইফমদুদগী নত্তে, শ্যামগী তঙোংনা মুংশিবা য়াবা পুকচেল শেংলবা মীগী অরাবদা মানা হেন্না য়াবীবা মরুপনি। শ্যামনা অর অনাগী মতেং পাংলিবা অদুগুম্না ঐদি মীগী মতেং পাংবা ঙমলুদে। মাগী ঙাওসবা পুকচেল অদু ঐঙ্গীদি য়াওদে অওইবনরী শ্যামগুদগী থম্মোই নক্তবদি মীগীদমক্তা কনানা অদুম য়াবিগদগে।

মমাদা থৌদোক পুম্বা হায়দোকখিবনি ! মমাগা মনেগনা শিন্দুনা রোমাগী গর্ভদা লৈখিবা ঐগী ইরন অত্থু মাওহনখিবনি । থুনমক নিপা অমদা থাজহনা রোমাবু থাংমৈবন্দগী পুখিবনি । মাগী লুহোংবা হুমিং ৬ নিদা ঙাইরমলে হৌজিক অরুবা তাংকমদা লৈরে । ঐনা খনলকই—"পুম্মমকশে ঐনদা থোকহনখিবনি । রোমানা লুহোংখ্রবগু মবুক শেংলহবা নিপা অমবু পাপ লৈহনগদৌরি । ঐনা রোমাবু পুত্থনা চংখ্রবগু লুহোংগদবা ৬ নিদা ঙাইরবা নিপা অমবু ইকাইবদা লংথগদৌরি ।" রে মাগী পুকচেল খঙদবনা মতেক্তা শাওরুবনি । মাগা ঐগা কায়নবগু ঙমলোই ঐহাক রাখল থোক্লে । রোমাগী গর্ভদগী জিববু মাওহনখিবা মাবু অতোপ্পা নিপা অমদা লুহোংখিনবা শিনলিবা মখোয়গী মনে মনম পোনবীহু নিঙশিংলগা থাঙনা চগৎ চগৎ য়াম্মীঙলে পৃথিবীশে মথক. মখা ওনলে খনকম থোক্লে । রোমাদি থোকখিবা অমত্তা চিংথদনা লিরম্লগা তুমিম্মা লৈখে । ঐহাক নিঙঙমদবনা প্রোক প্রোক চাকলে । অনুতাপনা হকচাংশি কিহ্‌গদৌরে । ঐপা রোমাগা থোকখিব থৌদোক পুম্মক লিথোক্লরবা হুংবা বা অমত্তা ঙাংনদ্রে । তুমিম তুমিম্মা উংন্দুনা লৈরে । ঐগী হৌজিক ওইরিবা য়ুম্বাল, কৈবাল, ঐগী পুন্সি মরেন মানা লোইনা খঙলকনি । রোমাদি মশক কজবীনি, মশা নানবীনি । অশেংনা ঐহাক মাগী ওইবদা মতিক চাত্রবনি । ঐনা মাবু মংশিরবত্তা মত্তায়রে রোমানা ঐগীদমক্তা সংসার অসিদা হিংবীরম

পামদ্রে। পাপ ময়াম্না য়োমশিন্দুনা ঐগী হকচাংদি মাংগ্রসনু !! ও! মতমগী নংগী খোংলৈ অঙকপনি। মতা অমদা থরাই হচকাং 'পুম্বা ঐঙোনদা কৎথোকচরবি য়োমাবু ঐনা লোশিনজবা ঙমদ্রে। ইমাংদা তারবা থম্মে ইগী মনিবু খুঙ্গত্তবা তারবরা ? ঐহক ফত্রবা মীনি লানহুত্রবী য়োমাগী থম্মোইবু মচেৎ মচেৎ তানা শেগাইগরনি করম্না ঐগী ইরানশে মঙোন্দ ঙাকপিয়ু হায়জগনি। পোক-তৈদগী অরা-অনা থঙজরকত্রবী য়োমাবু লাইরবগী লৈকাং চুরবা ঐগী থম্মোইদা লেংদনা লৈবিয়ু করমনা হায়রুগনি। অদুম ওইনক য়োমাদগী ঐহাক লাপনা লৈবা ঙমলোই। য়োমা য়াওদনা ইথন্ত হিংবা পুন্সিদি দোশি য়াওদ্রবা থাওমৈগুম্বনি। মিত্তা উরিবা সংসার অরেম্ববনি। ঐনা---" য়োমা ! চংলশিরা ! মতম অমদা নংনা ঐবু সুংশিবীখিবা নত্রা ? নংগী মমল য়াম্লবা থরাই হকচাং ঐঙোন্দা পিখ্রবা নত্রা ? কনাগুম্বা অমগীদংক্তা চেকশিন্না থমজরিবা নংগী থবাক্ত। ঐগী শারবা থবাকশে লুপ-শিন্দুনা ইংহনবীখিবা নত্রা ? হায়য়ু য়োমাশিনি ঐগী ইমাহ ঙাকলরোইদ্রা ? " য়োমানা মপি চেম্বহনলুরগ হায়রকই--"অদুম্না খনবীগনু। মৈচাক কয়ানা কাহৎলুরবা ঐগী হকচাংসে নংগী থমুংদা লুপশিন্দুনা ইংজগে। অপংবী ওইখিবনা নংগী নরনসু মাঙহনখ্রে। ঐগী ইরান হরাঙ হবাওন ঙাকপিয়ু। পোক-পদগী হৌনা ঐগীদি রারৌবগী থম্মোই য়াওরক্ত। ঐগী চীরবা মতমদা নংনা লাকপিত্রবদা উপাই লৈজদ্রবী ঐহাক্তা ইথন্ত শিগে খোরাংলুই। পাঙ্গল শোনবী ওইবনা শিথিবসু

ঙমহৌদ্রে । ঐঙোন্দসু তাকপিরম্বা নত্তে ইমাগা ইনেগনা ইশা ক্ষত্তবগী হিদাকনি । চাও হায়ত্নুা ঐঙোন্দা পিজখিবনি । অঙাং ঋৈথবগী হিচাক ওইরমহুন। নংগী হুংশি খুদাল অহু মাঙখিবনি ।

" রোমা হিক্লা হিক্লা কপল্কলে । মখা মখা তারকই — " জিটেল । মখোয়না ঐবু নমহুনা নিপা অমদা থাজখিবনি । রাখল থোকচক্রবী ঐনা ঙসি ফাওবা হিংহুনা লৈরমলিবসিনি । হুপি ওইনা পোকপদি মীকুপ খুদিংগী খুদোং থি । নংগা উনদ্রিভৈদা ঐনা রাখিবদি জিটেল । নংনা হুপি অমা ওইনা পোকলম্লবদি খঙলমগদবনি । ঐবু থাজবীয়ু ! ঐহাক ওক্তবী অমা ওইবদি ঙমজরোই । মতম খুদিংমক্তা নংগী প্রেমগী ঈচেলদা তাওজবী কাওশিঙ ওইজগে । নংগী নকমদা ঐগী রারোবগী থোনা লৈতে । ঐবু কাওবীগ্রবনি খন্দুনা হোদোকচবা ঙমদহুনা নংবু নোংমা পুথি্‌দা কৌখিদবনি ।

ঐনা রোমাগী রাহৈশিংহু তারগা ইমম মমনা উক্লরবা তাইবংপানবশে থর থর ঙানফুং ঙানফুং তৌরকলে । ঐগীস্থু হুংশিবগী মকমদা চাওরবা ওধীকার মাঙলমগ্রি হায়হুনা হরাওরে !

ঐনা রোমাদা হায়রে—" রোমা ! নংগী অশেংবা হুমিং অমা পিরো নংবু থুনমক পুহুনা চত্তবা য়াবনি । হোরেন হুমিদাংমক চংপা করে । হোরেনমক চংলশি । মতম কৌবা কবিনা নংগা ঐগা কায়নহুনগদবগী মীকুপ নাহম শেম্রহুনা লৈরিবনি ।

রোমাস্নু ঐনা হায়বত্নু য়ারে । ওবা শ্যামনা রোমাখোয়গী ইমুং মনুংগী অকবা থবক অমা তৌবীবগী হোরেন নুমিদাং শ্যামবু চাক কৌরি । ওবা শ্যামগা ঐখোয় অনি রোমাখোয়দা চাক চারগা অথেংবা অহিংদা অহুম থোকমিন্নরসি হায়নরে । রোমাদা শোয়নরনুশি হায়ত্নুনা মাবু ময়ুমদা চৎহনখ্রে । ঐহাক শ্যাম উনবা লাকলে । হোরেন রোমাশিনিবু ঐগীদমক্তা চেনলুরনি । মনম্মা লাকলে হায়ত্নুনা ঐগী ইচন শুনিনা হরাওনা নোকচরনি ।

৯

ঐনা থোরকপদা লমজাওদা শ্যামগা থেংনরে । ঐগী হরাও নুংঙাইবগী পাও তমলে । ঐখোয় অনি রোমাখোয়দা নুমিদাং চাক চারবা তারি । নুমিৎ তাবা ঙাইত্নুনা লৈরে । নুমিৎ তাহনিঙবমা খুৎনা পায়ত্নুনা চীংখন্নীগুলে । পুন্সি হায়বসিমক অঙকপনি ! ঐগী পুন্সিগী অরা-নুংঙাই মরক্তা রোমানা খুদোল্বী থিন্দুনা লমথুংফম লল্বী অমা তাকপগুম তৌরি । মহাকপু নিঙশিংলগা সংসারগী অরা-অনা খুদিংমক কাওথোকলি । মমলুররবা ঐগী রাখলবু রোমানা মঙাল পিরি । অহুবু অরাবদি পুন্সিগী কল্লবা লানকম ময়াইদা রোমাবু পুশিন্দুনা কাহনগদৌরি । অরা অনা থাঙবা তঙ্বীগদৌরি । লৈত লাইয়গী মৈথুন। মাগী মমিত্তা চংত্নুনা মমিৎ থুপলনি । মাগী নিঙথিবা লাইবক্তা অরাবগী লৈই

চাংশিনবীগদৌরি। ঐনা খনলকই—" রোমা! ঐগী মোংলবা থম্মোইবু নংনা শেংদোকপিয়ুকো। ঐনা হারক্কবা মতমদা নংগী ইংলবা থম্মোইদা লুপশিন্দুনা ঐগী অরা মৈচাক মুৎচগে।

শ্যামগা ঐখোয় অনি হারি শাহুনা হুমিং তাবা ঙাইহুনা লৈরি। হরাওরি, নুংঙাইরি, নোকলি। কপ্পগা নোকপগা কয়াদা নক্লনা লৈরিবা! ঙসাই অয়ুক্তগী ঐখোয় ইমাগী অনাব নুংঙাইকম খঙত্রে হায়রুনা পাও তমলরে। ঐনা লৈরিবা যুম অহুগী অঙাং অমনা চেলক্লুনা তম্লরে ঐহাক থুনমক য়ুমদা চত্তবা য়াত্রে। ঙাইহাক পম্বরবদি নমবোলগী বস নংহৌদবা তারে। ও—! রোমাবু মতম অসিদা করম্না পুহুনা চৎলুগনি। ঐগী ইচন শুনিনা করম্না লৈরমগবা! হোরেন চৎলশি হায়নরম্লবী রোমাদগু পুকমেন পাওমেম্নবা ঙমলমদ্রে। ঐ খনকম থোকত্রে। অহুবু ঐগী মরুপ শ্যাম লৈহৌরি। ঐগী লাইবক মানা শেম-লমগনি। ঐহাক নংবোই নংদবোই বসতা চেনকা কাখৎলে। শ্যাম লৈহৌরে। রোমাশিনবু য়ুমদা পুহুনা চৎত্রে!!

## ১০

নমবোল্ল এম, ইদগী হুমিৎ ২০ নরোম ছুটি লৌরে। ঐগী লৌ ইংখোল পুম্নমক বন্ধপতা চৎখে। ঐনা থুংলবা হুমিত্তা ঐগী হুংশিরবী ইমাদো লৈখিত্রে। অসিরা তাইবংপানবা

হায়বদো ঐবু নোকমি নোকমিহন্নবা অনৌবা আশা অমুক লৈত্রে। ঐমুক নংবা মী পৃথিবীদা লৈরম্মরোই। মুংশিরবা ইপা মুংশিরবী ইমা মখোয় অনিনা শুনিগা ঐগবু পাক্লবা তাইবংপানবদা কনাদস্মু শিন্নবীরমদনা ছন্দোক্ত্না থম্বীরমলে। হৌজিক ঐগীনি হায়বা লৌ-ইংখোল মচেৎ অমত্তা লৈত্রে। রোমাশু লুহোংখিরমলনি। ঐগী হায়ববু তলব ফংত্রিবা হৌবদা ঙাইরিবা ওঝাগী থবক অতু মঙাইরে। স্কুল কাবা থা ফাত্রিবনি ছুটিদি মুমিৎ কুননিরোম লৌথোকলে। ইমা লৈখিদবগী শোরাৎ শোম্নবা হোৎনবদা লমফৈ অমা চৎথোকপা শংত্রি। হে নোংদম্বা! ঐবু করম্মা হিংঙ্গে? ঐগী মুংশিরবী রোমাশু লুহোংখিরম্মনি—ঐনা মাবু তাঙ্গানা য়াখিদবনা লৌরুবা ঙমদ্রে। "ফরে, রোমা! ঐবু ব্লারোগমুকো কায়নরশিকো নংনা লাপনা লৈব্রবশু ঐগী থম্মোইদা রোমা নংদি লেংদনা লৈগনি। নংশু ঐগুম্না ব্লারবদি মতম খুদিংদা নংগী ননাক্তা লেংদনা লৈ হায়তুনা খনবিয়ু।" ঐগী ইচন লাইরবী পুংকক চাওজরকলে। মমাম্নবী খুদিংমক্তি মপা মমাগী মথাম্মুংদা নাওথি শাবা ফংজরি। ঐগী ইচন শুনিগীদি শিনবগী মমি শামলবা মবুং জিটেল মঙাইরে। নিঙঙাই তৌবা ফংজদ্রে। তাইবং মীরোন তারবীরা মবুং ব্লাখিনি খনবনরা ঐগী অব্লাবা শরুক তংখায়মা কোকথোংনব্রে। মরম ওকপি থৌনংবী অমা ওইখ্রে। মৈতৈ লৈমগী থৌনা ঐগী ইচন পিকলিবীশু উৎলকলে।

ইমাগী শোরাৎ লোইখ্রে। রোমা লুহোংখ্রে, মাগা ঐগা পূনসিগী ওইনা উনরুবা কান্নদ্রে। ঐহাক শিখিবনা ফরে, সংসার

অসিদা ঐনা হিংহুনা লৈবগী অর্থ লৈত্রে । অতুবু ঐহাক্তী নুংঙাই য়াইফনা হৌরকই । ইমা ইপাগী আশাগী থাওমৈ ওইহুনা মতম খরদা ওইরবশু ঙানলমই । ঐগী ইচন্দি লাইরবীনি । নুংঙাইবা শরুক ফংলক্ত্রবনি । অঙাং ওইজরিবীনি, পুন্সিগী থোদোকনা অঙাং ওইবা ফংজদ্রবীনি । "নুংশিদকো ঐগী ইচন লাইরবী শুনি ! নহাকপু সংসার অসি মশকখঙলদুনা অখাং কনবগী থৌনা হাপল্লিবরা ? পোম্বদা হৌজরকলিবী রাকচিংগী উংলন্না খুইজিনলব্বী রানা খাংজরবী গুলাপকুম্বী শুনি ! ইবুংগী ইবেম্মা নুংশিরবী ! নংবু অরা-অনাগী শারবা মৈরক্তা নখোং থাংবা থোক্লবীর' ? ও ! খুৎনা শোক্ত্রবা অনৌবা লৈরাংগুম নৌরিবী ঐগী ইচনগী মাইথোংবু নোংদম্ব বীধীনা মকশিনহনবীরে ।"

রারবা রাখল ময়ামগী মরক্তা ঐহাক থৌনা লাকলে । শুনিনা ঐবু খাঙবা কনবা তম্বীরে । ঐগী ইচনগী থৌনানা ঐবুস্থু থৌনা লৈহনলে । "হে নোংদম্বা ! শুনিগা ঐখোয় অনিগী রানবা শিন্দলু নংগা ঐখোয়গা কনানা ঙম্বগে য়েংনরশি" ।

## ১৭

রোমাশিন্নিগী খনলুবদা ঐহাক নমবোলদা অমুক চৎলুদ্রে । ওঝা ওইবা তোকথোকলে । লৌ-শিং উহুনা পুন্সি মওং অমদা লেনলে । ঐহাক হৌজিক কনাগীস্থ হিংবা নত্ত্রে ঐগী ইচন

শুনিগীদমক্তনি । শুনি লৈরমদ্রবদি সংসার অসিদা নহান্না লৈর-রোইদবনি । ইংখোলদংদি হনজিনবা ঙস্না য়েংগে হায়দুনা থবক কন্না শু-লোমলে । ঐখোয়গী ইংখোল লৌরবা মহাজন অদুশু পুকচেল য়ামনা চাওই । নংনা "হনজিনবা মতমদা হনজিনজৌ" হায়দুনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবী । ঐহাক্তী লাইরিক তম্বা তোকখিবা কুইরবনি । শুনিদ দি ঐনা কন্না হোৎনদুনা লাইরিক তম্বা তোকহনদ্রি । মহাজন অদুমক্তু লাইরিক ফাওবা শুনিগীদমক্তা লৈবিরকই ঐখোয়বু মচাদা মচাদোনা লুংশিবী ।

মহাজন অদুনা হোৎনবীদুনা ইঞ্জিনিয়ার ওফিসকী কেরানী অমা ওইহনবীরে । থাগী লুপা ১৩৫ ফংদুনা থর থর কো-মজরকলে । শুনিবু নিঙখিনা লাইরিক লাইশু তমহনবা ঙমগনি থাজরকলে । ইংখোলশু উচীন্না য়াম্না হোঙবা মমলদা হন্দোকচরে মহাজন অদুগী চাওরব লমন অমা তোনলে । মাগুম্না মিনুংশি চাওবা মী মশিং য়াম্না লৈরমলোই ।

নোংমা শুনিগী মমান্নবীশিংমু মেলা য়েংবা চৎকনি "ঐবুসু পুবিয়ু মেলা য়েংবা চংকে" হায়দুনা শুনিনা হায়রে । মণিপুরগী মেলা অমুক হৌরগালে । ঐগী শুনিনা মতুংগুম্বা রা অমুক্তা হায়খিদ্রি । মগাক্তী মমান্নবীশিংগা তিন্নবা শংজদে মথৌ য়াম্না চানবিনি । শুনিনা চংনিঙলিবদু ঐনসু হরাওনা য়াবিরে । মহাক হরাওজরে । শুনিগী মমান্নবী অঙাং অনি অদুমগা মেলা য়েংবা ঐসু চৎলে । মেলা অদু ফনা চাওনা তৌই । মেলা

অহু য়েংলুরগা রোমাবু তত্তনা নিঙশিংলকই। শুনিদি মমাম্নবী শিংগা নোক খেহুনা মেলা য়েংখ্রি। ঐদি অহন মশক খঙদবা অমগা ৱারি শাহুনা লৈহৌরে। ৱারি শুম শাম্নরকপদগী ঐখোয়গা য়াম্না নকৃবা ঐনা খুরা থোকপা অহন ওয়রমলে। নমবোলদগীনি হায়রে। নমবোলদগীনি হায়বহুদা ঐনা রোমাগী মরমদা খরদং হংনিঙঙম্বনি অহুবু হংলুদ্রে। তশেংনমক রোমাবু পোকপা অহন ওইরমলে। মহাকনা য়াম্না মুংঙাইতনা রোমাগী ৱারি লিথরকই। "বোমাশিনিদি লুহোংবগী মমিদাংদা লৈখিদ্রে" অম্না হায়রে। অহন অহুগী ৱারি অহু তারুবদা ঐহাক লৈফম খঙদ্রে। অহন অহুগী ৱারি লোইশিনলকপদা রোমাশিনিদি ঐগী ইচন থোকলমলে হায়বা খঙলে। রোমাশিনি ইমাগা পোকমিন্নবা ইন্দোমচাগী মচানুপিনি। লম লাপনখিবনা ইন্দোমচা অমা নমবোলদা লৈখি হায়বা নিঙশিংলুদবনি। নিংশিংলবমু মাগী মচানি খঙদবনি। মহাক্না থাংমৈবন্দ লাইরিক তমহুনা লৈরিঙৈদা অরানবা খোদোক থোকখিরনি। ঐনা নমবোলদা ওঝা ওইরুবহু খর কুইথরম্নবদি রোমাবু ইন্দোমচানা পোকপা ইচননি হায়বা খঙলমগদবনি। ঐনা রোমাগী মফমদা করম্বা ৱাথল লৈফম থোক লিবগে? অহন অহুগী ৱারি অহু ঐ অমুক তারুদ্রে। চৎলগে খুরা হায়হুনা শুনিখোয়বু থিবা লাকলে। ঐনা শুনিবু মেলা য়েংফমদা থিরকপদা মমান্নবী ময়ামগা লোয়ননা লিকলি মমুংদা হাপচিন্দুনা থা অহুমগী অঙাংনি থা তরুকী অঙাংনি হায়হুনা উংলিবা মফম অহুদা লৈরমলে। মখোয় খুদিংমক লিকলি মমুংদা

য়াওরিবা অঙাং অহুদা মুম্না য়েংহুনা লৈরমই । ঐনা মখোয়বু চৎলশি য়েংবা ওক্ত্রীবরা হায়হুনা কৌরবদা থা অহুমগী অঙাং য়েংখিনি হায়হুনা চৎশি য়াত্রে । শুনিগী মমাম্নবীশিং অহুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই—"তা জিটেগ ! থা অহুমগী অঙাং-শিবু কনাগী মচা ওইরিনি ?" ঐহাক শ্বাই লাওই । য়োমা অমস্তং ঐগী থোদোক অহু মীত্তা শং শঙ উই । ঐহাক খুমকম খঙদে । উৎলিবা ডাক্তর অহুনা "মমাগী মচানিনদা মেম্মা !" অস্তুম্না খুমলকই ।

## লোইরবা

তাং ৫ । ২ । ৬৮ ইং